# মণিপুরদা চফু

অইবা—

ক্ষেত্রি, কুমার

ফোংবা—

পিপলস ম্যুজিয়ম, ককচিং।

মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমি, ইম্ফালগী পাব্লিকেসন গ্রাণ্টগী
মতেংনা ফোংবা লাইরিক।

---

# মণিপুরদা চফু

## (History of Pottery in Manipur)

অইবা—
ক্ষেত্রি, কুমার

ফোংবা—
পিপলস ম্যুজিয়ম, ককচিং।

# MANIPURDA CHAPHU by KSH. KUMAR,

A Student of History Dept. Manipur University

1984-85.

অহানবা ফোংবা :— তাং ২৬/১/৮৫ ইং, থাংজা, রি-পব্লিক ডে।

কপি মশীং :-- ১০০০

মমল :— লুপা ৫·০০



---

নম্ফম :— পিপলস' প্রোগ্রেসিভ প্রেস, ককচিং বাজার।

# পিপলস ম্যুজিয়মগী মাইকৈগী

"মণিপুরদা চক্‌" হায়বা লাইরিক অসি ঐগী ইনাও কেপ্ত্রিং কুমারনা অহানবা খুদোল ওইনা পুখোক্লক্লি। পুখোক্লক্লিবা লাইরিক অসি রাহৈ রাতাদা মপুংফানা ময়ামদা খংহন্নিংবগী অংগোবা পিবা ওমক্রবস্‌ লাইরিক অসিদগী মনিপুরগী ইতিহাসকী চক্‌না লৌরকপা অচৌবা থৌদাং অমদি উবা ফংলগনি। লাইরিক অসি ইরকপদা, রারিমচা অমম্তং শৈরেংগুম্না কোক হেক ইবদি য়াদবনিনা চক্‌ শাকমশিংদা চৎতুনা য়েংউবগা লোয়ননা মফমহূগী অহল-লমনশিংগা রারী রাতায় কয়া শানবগী অরাবস্‌ নংলমগনি। অরা অনং কয়া খাওবগা লোয়ননা হৌখিবা অমম্তং লাকদবা রারীদি শমুহন্দবদি য়াদবনিনা সমাজ অসিদা চক্‌না মমাংগৈদগী হৌজিক ফাওবা লৌরক্লিবা চাওরবা থৌদাং অসি ইথোক্লুনা নত্রগা কোংদোক্লুনা মীয়ামদা খঙ্ঘনবা তাবনি। ঐখোয় অয়াম্বনা হিংবদা চংবা পোৎচংশিংবু শিদি শিজিন্নরগা পোৎচং শিং অতু ওইনবা হোৎনরকপদা কয়া রাবা অমম্তং করম্না ওই-রকপনো হায়বহূগী মরমদি ইথি থিজিন্নদে। মরম অতুনা সমাজ অমগী হিংবদা চংনরম্বা পোৎচং কয়া অমম্ত অনৌবা য়াওনগী মতুংইন্না ওনখিবা নত্রগা রারীগী লৌথুন মাঙখিবা য়াওখিদবস্‌ নত্তে। চহি কয়াগী মমাঙদগী মীওইবনা হিংতুনা লাকপগা লোয়-ননা অনৌবা রাখল্লোন কয়া পুখোক্লহুনা সুংঙাইনা হিংনবা লম্বী তাকপা হৌজিক ফাওবা লেপ্লা লৈত্রি।

অফং অফংবা উহৈ-রাহৈ চাতুনা মতম শাংনা লৈরম্বা মৈনচিংবা পুখোক্লকপা চক্‌শাবগী রাখল লাকপগা লোয়ননা চক্‌ শারকপা

অহুম্মা য়াওনগী খোঙথাং মতুংইন্না মীওইবনা চক্ষু ইরাঙ্দা থোং থাকহুনা চাবসি হৌরকখি। মরম অদুনা জাতি অমগী হৌরক-ফম অমসুং মাগী ইতিহাস তাকপা তারবদি চক্ষু অসিদগী অচৌবা খোঙদাং অমা লৌফম থোকই। মরমদি চক্ষু অসিগীসু মতম মতমগী মতুংইন্না শক্লোন কয়া থোংখিবগা লোয়ননা লেঙ-দবা শক্লোন কয়া অমসু লেংদনা লৈহৌই মাসি লৈনুংদগী ফংবা চেগাই নত্রগা চক্ষুশিংদগী ঐখোয়না লায়না থঙবা ঙম্মী। হৌজিক হৌজিককমক উবা ফংজবা চক্ষু মথল কয়া, লৈরোং মথল কয়া অমসু থেংলৈ। হৌজিক হৌজিক শিজিন্নরিবা তোংলোয় ময়েক্লাচংবশিং অসিসু অঙনবা মতমদগী শিজিন্নরম্বা য়াবগী খুদম ফংই। কুহিনা শংবা লৈরোংদি তোঙান তোঙানবা মওংদা ফংই। চীংতম অনিগী মচিন মনাও ওইবগী চাম চিন্না লৈ-রকপা অসিসু চক্ষুগী অচৌবা খোঙদাং অমনি। তম্পাক্তা শাবা চক্ষুশিংনা অরাংবা চীংদা কাহুনা হিংলিবা মীয়াম্গী সেবা তৌ-রুই। মফম অদু য়ৌখিবদা মাগী শিজিন্নফমগী, মতুংইন্না মমিংসু ওনখি। শাজবনা তম্পাক্তা শিজিন্নকম্না চীংদা ওইখিবা চক্ষু কয়া অমসু লৈ। চক্ষু অসি কায়গনবা পোং ওইবগা লমশাং চংহুনা অরাংবা চীং কাহুনা মাগী মাগী খুঙ্গংদা য়ৌগদবা ওই-বনিনা অহল লমনশিংনা অম্সুম্মা পাওরৌ তৌনৈ। মাহুদি—"লমকাং হনুবনা চক্ষু পুনৈ" আসনচিংবনি। ঐখোয়গা তংনা থানবা য়াররোইদবা পাউরৌ কয়া অমসু মনিপুরি জাতিগী লু তোংদা চেন্দুনা লৈগ্রবনি। অদুগা য়ায়কৈ অমরোমদনা চক্ষুদি

শাদবা চক্ষুদবু পুন্থনা মকম অমদগী মকম অমদা লল্লোনবা কাণ্ডবু অমম্ত্র লৈ। মখোযশিং অসিগী মপাঙ্গল মখোনা নীংশিংবা য়াই। নিপাশিংনা পাবোং নত্রগা কোকথোং পুখন্ন য়াওইদি হাযবত্ত নুপীশিংনা হেন্না শীংখানিংবদি কোরা কৌনবা লামুক চাঙফাম্ভবা চক্ষু পোল্লাং অমদা চক্ষ থন্না হাপত্তুনা মথুং থাদোক্তুনা লম য়াম্না থাপ্লা পুবসিনি। মখোয়গী মশাদা থুদোং লিবা কয়া লংক্লবা ফাওবদা কাকথক্লা পুারবা চক্ষুত্তদি কায়দনবা হোংনবনা মখোযগী অবেঙ্গা ব্লাথলনি। পুরিবা চক্ষু অসি কায়স্তু কযা কায়গন্দে ওরিগুম্না কায়বা তারবদি কত্তবা দশা লাংকম অমা লৈরে হাযনা থাজনৈ।

কনাগুম্না অমগী কোকথক্লগী চক্ষু পোলাংহ নাম্লোকত্তুনা কায়বা যাওরবদি চংখিত্তরিবশিং অত্তনা মাগী মাঙথরিবা অত্তগী তংখায় অমদি মতেং পাংত্তুনা ফুকংখিন্নবন্তু য়াওই। অম্সুম্না চক্ষুদগী ওইবা চাংগুরবা শক্তম তাক্লবা হোংনজারবা চহি ৩০ শুক্রিবা ইনাও অসিং। চক্ষুগী ওইবা লাইরিক অমা পুথোক্লক্লিবা অসিনা মনিপুরি জাতিগী মপুঙ্ফাবা অমা ওইরগনি হায়বদি হায়জবা তুমজদে। অত্তবু লৈপাক মীযাম্না হেন্না নৈনবীরগা মপুঙ্ফাবা লাইরিক অমা পুথোকপীরক্লবদি হৈনগদৌরিবা অমম্ভং নৈনরিবশিংগী হেন্না থুদোং চাবগ লোয়নবা জাতি অসিগী শকতম কনবদা মতেং ওইরগনি।

ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র

তাং ২১/১/৮৫ — ফেলোসিপ. মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমি ;

( ষ্টেটহুদ দে ) — ফাউন্দর, পিপলস ম্যুজিয়ম ককচিং।

## ৱাহৌ – ১

মীওইবা জাতিনা থোং থাংলগা চাবা হৈরকপদগী চক্কু অসি শিংজিন্নরকলে। মসি য়াম্না কুইরবা মীওইবগা লোয়নরক্লবা, মীওইবগী ৱাখল্দগী থোকখিবা মরুওইবা পোৎ অমনি। মীওইবনা মতমগী মতুংইন্না চাওখৎ-খোংথাঙগী মশক ওল্লকপগা লোয়ননা চক্কুগী মশকস্থু ওল্লক্লি। অওনবা অসিনা লৈবাক কয়াগী ইতিহাস মশক অমা লেপ্পা করম্না মতমদগীনো হায়বা অমদি তাকলকপা ঙম্লগনি। অসুম্না ঙম্লকপা অসিনা ইতিহাস অমা শাগৎলকপদা চক্কুনা মতেং থরদি পাংগনি।

মনিপুর ভারতকী অৱাং নোংপোক্কী লমদা য়াম্না পিক্লবা চীংনা কোয়শিনহুনা লৈবা অপিকপা তোঙান-তোঙানবা জাতিশিংনা খুন্দাহুনা লৈরক্লবা লৈবাক মচা অমনি। মসিগী তোঙান তোঙানবা কাংলুপ জাতিশিং অসিগী মখোয় মখোয়গী মনিং মথা ভম্না নিংথৌ পান্দুনা লৈজরম্মী। অসিগুম্বা জাতিশিং মশা-মশাগী ওইবা চৎনা লোনচৎ লোন্দা পুদাদা খেন্নবা কয়ামুক লৈরম্মী। মসিগী খেন্নবা লৈনা লৈনা মতমগী থোংলৈগী মতুংইন্না "মনিপুর" হায়না মমিং অমত্তা কৌহুনা পুনশিনখ্রে।

মীওইশিং অসিগী মশাগী ওইবা মনাৎ ৱারী শীংবুন ইনথুনা হক্তুনা থম্মগ। লোয়নদা হৌজিক ফাওবা শৈশক শৈথাহুনা লাক্লি। মশাগী মনাৎ, অৱাংবা সংস্কৃতিগী মওং মতৌবু নোংমা নোংমগী পৃথিবীনা মশক খংবিরক্লি।

কাংলুপ কয়া থোক্লা লৈরক্লিবা কাংলুপ কাংলুপশিং অদুনা মানা মানা হৈজবা পামজবা মওং কয়া পুথোক্লদুনা লমদমসিগী হিংলিবা মীওইশিংগী হিংবদা চংদবা য়াদবা পোৎচং কয়া পুথোক্লখি। পোৎচং কয়াদু ওল্লক্লিবা মতমগী মতুংইন্না অনৌবা ফজবা কয়াদা শকলোন তমখি। অস্সুম তৌনা চংদবা য়াদ্রবা পোৎশিংগী মমুংদা মরুওইনা চক্ষু আসস্পু মখল অমনি।

অহল লম্মনশিংগী ৱারীগী মতুংইন্নদি য়ুগপু "চক" হায়না কৌরম্মী। চকনা হৌরকপদগী শাৱক্লবা ফুন হায়দুনা চকফু কৌখি। অদুগা অমুকস্সু অস্সুম্না হায়নৈ, চকপা কাংবুন। শাবা ফুনি হায়বদগী চকফু কৌখি। চকফু হায়রম্বা আসদগী হৌজিকৗ "চক্ষু" হায়বা আসদা মামং ওনখ্রে।

চক্ষু শারকইবা অসি কারগুম্বা পোৎ অমগী মওং মতৌ অমা লৌদুনা শাখিবনি হায়বসি চকপরোনগী মতুংইন্নাদ লেশা ওনবমনা নুরা খুন্দোংগী মহৈবু ভমনা শায় হায়না ইরি। নুরা খুন্দোংলৈ হায়বা লৈ অসিবু লৈরোল কৌবা পুয়াদা মতৌ অস্সুম্না মশক তাকই মহুদি— "শিংলেন মহৈঙদি য়াইরন থারৈ মুংচানগুম্বা লৈরাং মপাক্তদি হাওবা মকা লৈ মানবা" লৈ অসিবু নুরা খুন্দোংলৈ করিগীদমক কৌখিবনো হায়বগী মতাংদা কেগে

য়োইকা কানৌক্সাম্বা মযোম থোইবী অশাইবী চীংঙাবম নিং-ঙোনবানা মপান্নু থাংঙা খুলহোংঙৈ ক'রাং খুনকুমঙৈদা শিংলেন খুঙাঙ লৈরাং নাদা থেংনা, মপাম থাংঙা খুনকুম্বা কারাং খুলহোংখিএ অদু নোংগীবু নুরা খুলহোংলৈ কৌববু পোইরৈ ঙাক্না খিবনা নুরা খুম্দোংলৈ-ও ভৌনা কৌএ।

চকপরোয়্বাচংবা য়েংলুরগদি চকপা কাংবুগী শারাং, অংবা শেরেং, শেরাঙ, রাঙবল, লোল্লাং, ওয়নম মখোয় ভরেং অসাদ চক্নু শাবনি হায়। মসিনা মীপুম ভেংনা চকুদি শারমদে হায়-বসু খঙহল্লে। চফু শাবা হায়বা অসি শিনফম অমা ওইনা কাংবু অমগী চংনরকপনি। হৌজিক্কী মতমদা চফ্‌ শাবা অসি ভম্পাক্কী লমদা নুপীনা শাই অদুগা চৌংগী লমদনা নুপানা শাই।

মনিপুরদা চফ্‌ করম্বা মতমদগী শাবা হৌরকখিবনো হায়বা অসি চপ চানা পুখোকপা ঙমদ্রবসু হৌজিক চফ্‌দা রির্সাস ভেবা কাংবুনা খৃস্টগী মমাং চহি ২০০০ (B. C.) রোমদগী শিজিন্নবা হৌরকলে হায়। হায়রিবা চহি অসিদগী চফ্‌ শারক্লে হায়বসি খংলে মসিগী মমাংদগী মনিপুরদা শাবা হৌরকলম্বসু য়ারি।

অরিবা লাইরিকশিংদগীসু চফ্‌ শাবা হৌরকপগী মতম চপ চানা পীরমদ্রবসু খৃস্টগী মমাংদগী চফ্‌ শারক্লে হায়বদি খংই। খৃস্টগী অহানবা শক্তাভিদা পানখিবা নোংদা লাইরেল পাখংবগী মবাই ইবুংঙো পোইরৈতোন্না খুম্থোক্লকপা মতমদা চকপা কাংবুসি হন্না চফ্‌ শরম্লে হায়বসি খঙবা ঙমই। মদুদি "চকপা কৈথোং হাও পাখংও মৈথু নোংলেন কাবা অসিবু করি

মৈনো। ময়ুম চকপা হেমচে মুপী ক্ষুইক মৈ চেকাই কাকুপ মৈ চক্র ভা্শোই মৈ ক্ভিং নো্ফাই মৈরা পাওহ্ববু।” মভা্ অসিদা পোইরৈভোনন। খুন্দাকম মকম চাবা থিরকপদা চকপা পাখ্ অমদা মৈখু কারিবাস করিগীনো হ্বদা য়াওরিবা থাহৈ ময়ুম চকপা হেমচে্মুপী ক্ষুইকমৈ থাহৈ অসিনা ভাক্রিবদি চক-পাগী হৌনবী ময়ুম মাক্তা চক্ষু ইকম্পগী থৌরম পাঙথোকই হায়রকসিনি। মভা্ অসি যেংলুরগম্ব চকপা কা বু অসি পোইরৈ ভোম্না খুন্থোকত্রিভৈদা চক্ষু শাত্ননা লৈরম্লে হায়না ভাকই। মৈ ইরাংপগী তে্খা লাইশোন্দম্বু পাল্লি— “চকপা মুপী ক্থিমৈ হেমচে্মুপী ক্থামৈ চেকাই কাকুপ মৈ”। অম্মুম্না অরিবা লাইরিকশি্দগী চকপা কা্লুপ অসি চহি কয়াদগী চক্ শারম্লে হায়বসি খঙবা ঙম্মী।

অতুগা অভোম্পা অমনা পোইরৈম্ভান খুনথোক্লকপা মতমদা মাগী কাঙলুপ অসিম্ব চক্ ইরান শিক্তিমরম্বগী মভা্দা অস্ম্না পল্লি মতুদি— “চৌ খোঙ পোইরৈভোম্না চক্ ইরান খাবৈ চেকপ লো্না কৈফনা থনম্লে অতু নো গী তোলো লম্পাকও কৌএ।” মভা্ অসি যে্লুরগস্ মনিপুরদা চক্ অসি খুক্ষগী মমা্দগী শিক্তিমরক্লে হায়বসি খঙবা ঙম্মী।

হৌজিক মনিপুর তম্পাক্কী লমদা চক্ শাবা অসি চকপা কাংবু নত্তনা অতৈ অভোম্পা কা্বুদি চক্ অমত্তা শাম্রদ্রে। চক্ শারকপগী থারিম্ চকপা কা্বুগী ওইনা ভোই। অভোম্পা কাংবু অতৈত্তু চক্দি শারম্মী হায়বগী থাকমদি পোইরৈভোম্না

খুনথোক্লকপদা চক্কু শিজিন্নদুনা থোকলকপগী ৱাকখল্লু মথক্তা পংগ্রে। হায়বদি মহাক্কা লোয়নবকপা মীশিং অদুগী চক্কুদি শারমগনি। অদুগা শৌক্রোকপমনা চক্কু শারম্মী হায়বগী ৱাকখল্লু লোইয়ুম্বা শিনয়েনদা অম্মুম্বা হায় "শৌক্রোকপম নংদি শাক্লু ৱানলো শাও"। অম্মুম্বা তম্পাক্কী লমদা চক্কুশিং অসি চকপগী কাংলুপ ওন্তবশিংগী মরক্তম্মু চক্কুদি শারম্মী হায়বদি থই। তেংদৈ শাবী ঙাম্লক অসি চক্কু শাবা মথমশিংদা ফংদে। মসি মরুওইনা ইম্ফাল অমম্মু, থুঙ্গগী মকম থরদা মীওই থরনা শারম্মী হায়বদি হাযরিবা ঙাম্লকী মওং অসি চক্কু শাবা মকমশিং অসিনা থঙবা ঙংদে। মসি ফম্নাইবা মীওইশিং অমম্মু, ইনাক খুনবা মীশিংনা শিংজম্মরম্বগী মও ওইনা তৌই।

চকপগী মরমদা অহল লমনশিংনা ৱারিগীমতুংইন্না অম্মুম্বা হায়— মনিপুরগী নোংমাইজিং চীংথো তাবা চকপশিংনা চক্কু শারম্মী। মতম অদুগী নিংথৌ খাবনা চকপশিংবু নুংশিহৈতনা তাম্থোকপদগী চকপা অপুম্বা খুনগাইনদুনা চেন্নখি। খুনগা ইনদুন চেন্নরুবা চকপশিংগী মনুংদগী থর অমনা থৌবান্দোংদা চক্কু অমুক শাখি। খুনগাই লৈকায়নদুনা অরা অমংকয়াগা লোয়নদুনা লাক্রুবা কাংলুপ অসি মশিংনজা ওইরবা চক্কু শাবগী থবক অসি লেপ্তুনা তদুনা লাকখি। অদুবু অরাবদি নিংথৌরোল থরগী তুংদা ধর্মগী অওনবা ঊফুগা লোয়ননা চকপশিংবু নুংশি হৈতবগা লোয়ননা মাই অমম্মু থুংনাইবশিংবু অতোনবা জাতিনি হায়না লাউথোকখিবা মরমন চকপা কাংবু থরদি চক্কু

শাবা তোক্কুনা লোয়া থুপ্না পানালক্তা ভিনশিনখি। মতমদুদগীদি চক্ শাবসি হেন্না অমুক ময়েং তাখি। চক্ শাবা হায়বা অসি ইঙ্গং তাবগী খাকমদা সেকমাইগী চক্ শাবা নুপী অমনা অন্থুম্বা কোংদোকই। মখোয়গী ইমুং মনুংগী তলব চাবা মনাওশিংনা চক্ শাবা তোক্কুবা য়াম্না কন্না হায়রম্মী। ইমুংদা চক্ শাবা লৈবা অসি মীগী মমাংদা য়াম্না ইকাই হায়না চক্ শাবা তোকলো হায়না হায়। অতুগা অমুকন্থু মখোয়গী সেকমাইদা মমাংদা লৈপাক পেকপা অসি নুপী নুপা চংনা পেকলম্মী কৌকিক্তি নুপী থক্তনা পেক্লে হায়না হায়রম্মী। অন্থুম্বা চক্ শাবগী মীশিং অসি নোংম-নোংমগী হন্থরক্লি। হৌজিক-হৌজিক মনিপুরগী তম্পাক্তা চক্ শারিবসি থোংজাউ, চাইরেন, সেকমাই, অন্দ্রো মখম মরি অসিদা মঙ্গাইরে।

---

## চক্ফু শাবগী মওং—২

মনিপুরদা চক্ফু অসি থুংনা শাবা ঙাক্কনি। মসিদা অউংবী (Wheel) পানদুনা শাবা অমত্তা শিজিন্নদ্রি। তম্পাক্কী লমদা চক্ফু শারিবসি মুপী ঙাক্কনা শাবনি। মুপানা চক্ফু শাবা য়াওনদে অমম্বুং চংনদে। মসি থায়নদগী চংনরকপদি নত্তে। নিংথৌগী ওইবা চক্ফু শাবদা থৌবান্দোং অমম্বুং লিশমনা কোংবা হাও-খাদগী লৈপাক পেক্কুনা শাই।

চক্ফু শাবগী লৈপাক পেকপদস্থ চংনবী মনাং অহুগী চংগদবা লাইগী পোৎচংস্থ য়াওই। মহুদি— থৌবানদোংনা লৈপাক পেকপদা চংগদবা লাইগী পোৎলমদি— "নাহাই লৈতৌয়োং. খাবৈ চেকপ, য়োংশুবী, শারেং, ঙাতেন, থুম-মোয়োক, চেঙ-লা, চক্ফু-ইরান, য়েনশাং-নাপী, কোনয়াই, খুনেংয়োং, খুনেংশেন, লৈতৌ-তোক, কমফি ফিরাক অনি, লৈয়োমদি অথুম-অহংও, পানা কা লৈশং অসি য়াওই লাইকমদি কোংবা মমুংদা লৈয়ে।" অহুগা লিশমনা লৈপাক পেকপদা চংগদবা পোৎচংশিংদি— "লাইগী

লৈয়োমকি ফিরাক অনি কোনয়াই খুনেংয়োং, খুনেংশেল, চক্ষু ইরান, খাবৈ-চেক , য়োংশুবী শারেং ঙাতেন, খুম-মোরোক, লা, য়েনশাং, চেঙ, লৈ চু, হৈ, লকোই, অথুম-অহাও, পানা ক্যা, লৈশং লৈতৌতোক নহাংথাঙ কোনয়াই অসি য়াওই। লাই-ক্ষমদি হাউখাদনে।"

খোবাম্দোংদা চক্ষু ইরান শ.রম্মী শায়বগী রামকদা লোয়ুম্বা শিনয়েনদা অম্বুম্বা হায়— "খোবাম্দোংনা চক্ষু-ইরান শাগনি। চক্ষু শাবদা শেংনব ফনেক অনি, কোকথুমফি অনি, খুকউ খাং অনি।" মথক্তা অ সদগী এখোয়না খংবা ঙম্বদি চক্ষু শাবদা শিজিন্নগদবা শেংনা ইনবা ফি অমম্বুং চংগদবা পোৎচংশিং অদু ঙাকলি।

চক্ষু শারবা মতুংদা মৈ ইকপদা চংবা পোৎচংশিংদি লোয়ুম্বা শিনয়েনদা অম্বুম্বা হায়— "চক্ষু ইরান হিকপদা ঙা পরেং ঙ খা ঙাচিং অথুম-অহাও অসি য়াওই।" অম্বুম্বা চক্ষু শাবা অমম্বুং চক্ষু ইকপদা লাহতিনগী থবক অসি তৌরম্মী। অহুবু হৌজিক্তি অসিগুম্বা থবক অসি কয়া তৌনদ্রে। শাগদৌরিবা ইকদৌরিবা মী অহুগী রাখনদা শোইবা ঙামবীদনবা লাইদা থুক্রমজে।

চক্ষু শাবদা চংবা পোৎশিং:— করিগুম্বা পোৎ অমা ওই-রকনবা হোৎনবদা খুৎশু-খুৎলাই থরা চংহগুম্বা চক্ষু শাবা মতমদা পোৎ মথল থরা চংই। চহি কয়াগী মমাংদা শিজিন্নরম্বা পোৎশিং অহু লোয়ুম্বা শিনয়েনদা পীরি মহুদি— "নাওশোংফাল খোময়িলফাল, থুকউখাং, ফিশাফাল, কুয়ৈচৈ লৈঙাফাল, লৈশু ঙক

শাক্ষু ফুথমকাল অসিনচিংবনি।" হৌজিক হৌজিক শিজিন্নরিবা পোংশিংদি— ফুনোয় উপাক, লেপশুম. উপাক মাইকোয়, লৈশু-শুক, ফুনান ফদি, ফুয়েন্নুং, ফুয়েচৈ, অসিনচিংবনি। চক্ষু অদু নান্নবা য়াচেং মতেক, উন্নি কাং শিজিন্নে লোয়ননা হৌজিক্তি লিকলি ফাওবা শিজিন্নরে।

ফুয়েচৈ ঃ— ফুয়েচৈ হৈক্রে পান্থীনা মকুওইনা লৈয়ৈ ওইনা শাথুনা চক্ষু চাওন্থোক্লবা অমম্থং লৈরোং হাপ্লদ শিজিন্ননবা থুংলাই মথল অমানি। হৈক্রে নত্রবদি অতৈ উদি চেকথাইগল্লি। চেকথাই-রবদি চক্ষু য়ৈবা য়াদে। অহানবদা শাগদৌরিবা চক্ষু মওংগী মতুংইন্না মঙক্কী শক্তক লোইশিন্দুনা থমগনি, অদুগী মতুংদা ফুয়েন্নুংনা মনুংথংনা পায়রগা মপান্দনা ফুয়েচৈনা চাং নাইনা তান্থাচানা য়ৈগনি অদুগা অহানবা য়ৈবা ফুবা হৌগংলকপগী অদুদদি অনানবা ফুয়েচৈনা হৌই। অদুগা চক্ষু অদু লোয়শিন-লকপদনা মরেক তাহনগদৌরিবা অদুনা ফুই। মরম অসিনা ফুয়েচৈ অদু নাকল অমনা গয়েক হাপ্পী অদুগা অমনা অনানবা ওইনা থমই। নাকল অতিমক তোঙান তোঙানবা মরেক হাপ্লম্থ য়াওই। মসিদা শিজিন্নরিবা মরেকশিংদি— ঙামকু মরেক, তোং-লোয় মরেক, ঙাংখ মরেক, হৈফরোয় মরেক, কৈ-য়েন মরেক অসিনচিংবনি। অদুগা ফুয়েচৈগী মতোন অদুদা 'মমিং' হায়না খংনবা মরেক মথল কয়া অমম্থ লৈ। মখোয়শিং অদুগী মথল অমনা চক্ষুগী মঙকতা মরেক হাপই। হাংপালিবা মরেক অদুবু

চক্‌কী 'মমিং' হায়না খংনগনি। অসিগুম্বা চক্‌কী মমিং অতুদি ময়েক তোঙান তোঙানবা য়াই। মতুং চক্‌কী মমিং হায়রগা অহুমক খংনগনি। মসিনা চক্‌কী মঙকী অকোয়বদা কুই। অতৈ ময়েক্কা মশাদা কুই। খোংজাও, চাইরেন, সেকমাইনচিংবদা ময়েকশিং অসি শিজিন্নৈ। কৈয়েন ময়েক অসি খোংজাও, চাই-রেনদা খংনদে। অন্দ্রোদদি ময়েক য়াওবা কুয়ৈচৈ অমত্তা শিজিন্নদে অমস্তুং খংস্থ খংদে। খোং-থাকনবা চক্‌দা তামকুপী ময়েক্কা শিজিন্নৈ। অতৈদি লৈরোং মখলগী ওইনা থম্বনি। কৌজিক্তি মখল মখলগী লৈরোং কয়ামুক ফাপনরে। থায়নগী ( পঙকুই-কুইত্রিবা ) চক্‌শিংদা মখল খরগী চক্‌শিং উবা ফংই।

লৈশাক লৌবা অমস্তুং মসিবু শেম শাবা :— লৈশাক্কী মথক খংবা লৈহাও চেনবা অসি চক্ শাবা য়াদে। কুট ১/২ রোম তৌথরগা য়েংবদা তাংলৈনবা ওইরবস্থ, অমুবা ওইরবস্থ য়াম্না নানবা অমস্তুং য়াম্না লংখৎপা লৈশাক মখল অমা ফংলবদি চক্ শানবা লৈপাক ফংলগনি হায়না থাজনৈ। অসিগুম্বা লৈশাক অসিবু অহানবা মংকোক্তা ফংবা কৌবা লৈশাক্কি অমস্তুং শাবদা কায়গল্লি হায়তুনা 'লৈকোক' নত্রগা 'লৈকাই' হায়না মমিং থোল্লি। হায়রিবা লৈকোক অসিগা হেক খংনব তাংলৈনবা নত্রগা অরাউবা নত্রগা অমুব মচুগী য়াম্না হেন্না নপ্পা লৈশাক মখল অমা ফংলবদি চক্ শাবা য়ারবা লৈবাক্তি হায়না খংনরে। অসিগুম্বা লৈবাক অসি মকম খুদিংদা পঙফং-ফংনদে। মনিপুরদা শাব্রিবা চক্ অসি লৈমু মখলগী লৈবাক্তা শাবনা য়াম্মী।

লৈপাক পেকপগী মও অসি খোংজাও অমম্বু, চাইরেল অনি অসি, থুরা লেপ্পে। খোংজাও, অঙ্গোম, সেকমাই অসিন-চিংবদা চক্‌ শাবা য়াগদোবা লৈপাকশি, অদু য়োং নত্রগা তোক্লা শোয়র-শোয়রদুনা পেকই। অদুগা চাউরেনগীদি তৌখোকইবা মকম অদু স্কায়ার তানা তৌখোক্লগা চক্‌ শাবা য়াবা লৈপাক কংলবদি লৈতেম মায়না লোমলগা ঊশি লৈজিমলি। মরমদি মসি স্কায়ার মচা মচা তানা ককপা মু শাইমবগীদমক্নি। স্কায়ার মচা মচাশি অদুদগী চক্‌ শাবা য়াবা লৈবাক মখৈ লৌখংলি। অম্বুম্বা মখা লুখন্নবদি চক্‌ শাবা য়াবা লৈপাক কদে।

লৌখংলিবা লৈপাকশি, অদু থা না নত্রগা খুংলাই অমনা কুপ্পা য়ানখাইদুনা নো মা চুপ্পা ঊশি দা থিংদুনা থমই। তিংবা মতমদা থাও মানবা মরেক মখল অমা কারকই। অম্রোগীনা লৈপাক অদু তি ত্রিটৈঙ্গদা অমুক কহনবা চই। অম্বুম্বা হিং-খোক্লবা লৈপাক অদু মুংঙ্গু মথক্তা থমলগা লৈতু শুক্লা শুই। মুংঙ্গু, রাংলগনা মুংঙ্গু হুপই। হেল্লগনা লৈপাক হাপদুনা চক্‌ শাবা য়াত্রিবা কাওবা শুই। খোংজাওদদি য়ানখাইদুনা মুংঙ্গু মথক্তা থমদুনা ঊশি চাই চাইদুনা চক্ শাবা য়াত্রি কাওবা শুগনি। মু গী শক্তা হেল্লবদি মৈ হৈকপদ পোকখায়গনি। মু রাংলবদি য়াদে।

শাবা — শুদোক্লবা লৈপাক অদু শাগদৌরিবা চক্‌ অদুগী চাম্পা খুংঙ্গা থাইদোক্লদুনা লৌরগা কুনোয় উপাক্তা নোইদুনা

মতুম তানা শাংহল্লি অদুগা থুংপীনা ইন্থোকতুনা পাকথোকহল্লি। অদুগা পাকথোক্লবা মতুংদা উতোংগুম্না কোল্লগা মথুন ওইগদৌবা অদু মেনশিল্লি। থুংপীনা ইনথোকতুনা পাকথোকহল্লিবা অদু মঙক ওইগদৌরিবনি। অস্সুম্না অমগী মথংদা অমা শাদুনা অহানবা শাখিবা অদু থর কংশিল্লকপা ডাই। লোয়রবা মতুংদা লেপশুমগী মথক্তা থমদুনা মঙক্কী শক্লক অসি ফুনান ফদি অমনা নান্দুনা শাবা হৌরকই। মসিদা মঙক্কী কুংশিনবা (মপানগী) অসি শাবা মতমদা রাচেং মতেক অমত্তু শিঙ্জিন্নে। কুংশিনবা অদুদনা রাচেং অদুগা ফুনান ফাদনা তোংথোকপা অদুদা পাইদুনা শাই। অস্সুম্না শারিবা নুপী অদুন উক্লু উক্লু লৈদুনা চক্‌গী মঙক অদু মকোয় (রাউণ্ড) তানবা হোংনবদা মফি মরোল শেংনা ইনলিবা ফাওবা কাওথোকই। অদুগা চাইরেনদদি অচৌবা চক্ শারবদি লেপশুমদা শিঙ্জিন্নে। অদুগা মচা ওইরবদি মায়কৈহ উপাক অমগী মথক্তা থমদুনা মখাদনা ফি থারগা খুকউগী মথক্তা থমদুনা মপানগী (মঙক্কী) শক্লক শাই। চক্ শাবা মতমদা করিগুম্বা ফত্তবা শম-না অমত্তা য়াওহনবা য়াদে। য়াওরবদি পোখাইবা নত্রগা ঈশিং য়ুবা থোক্‌। অস্সুম্না মপানগী মঙক শাবা লোয়রগা মশা থর কংহম্নবা নোংমা চুপ্পা উক্লমদা থমই। থর থর ঙৈবা য়ারকপগী মতুইম্না মনুংদা ফু ঙৈনুং থাদুনা মপান্দগী ফু ঙৈজনা ফু-ফু দুনা চাউথোকহল্লি। মতুন্স্থ অমুক্তদ লোইশিনবা য়াদে। অপেংপা লৈপাক্লনা কেমজিম্না পাহল্লবস্থ পেথদুনা চক্ ওইবা য়াদে। মরম অদুনা চক্ অমা

লোইশিন্নবা ঙৈবদা খর খর কংলকপগী মতুংইন্না লোইশিনবগী মওং তান্ত্রিবা ঙাওবা ঙৈদব্না য়াদে।

পেংলিঙৈগেদা ঙৈখিবা ফুঙৈ মমি অদু লোইশিন্নকপদা মশা নাংলহল্লগদবনি। অদু ময়েক হাপকদবা ওইরবদি মঙেক্লা করুই। য়াম্না নানংবা শাবা ওইরগদি উরিকাং নত্রগা য়াচেং মেঙেক্লা তকতুনা নানহনগনি। মতুং থংবা অদু ফুঙৈন্নুংনা থম্বদা অতোং অকুং য়াম্ন নাইরবদি কোঙ্গ্রুং মকুনা অতোংবশিং অদু খোংতোক্কনি।

থক্ক গুম্ব অচৌবা চক্ষু শারকপা মতমদদি মনিংদা লোই-শিনলি। মরমদি য়াম্ন: চাওখিবা ওইবনিনা চক্ষু অদুদা ফুঙৈন্নুংনা মথা থারগা ফুবনিনা লাম্বা ফংলক্কে। অদুনা মরম ওইদুনা মগুক অদু ফাওবা শাবা লোয়রবগা উপতুনা থমলগা মনিং-থংবা অদু অন্থুম অন্থুম ঙৈখংলকই। অদুগা চাওবগী চাং অদু য়ারে হায়বা মতমদা মনিংগী অহোবা অদু মেনশিল্লি।

মথক্কুম্ব পনজত্রে মতুদি মঙকী অকোয়বদা ফুঙৈচৈগী মমিংনা ফুই। মসিনা য়েংবদা মশক ফজবা হেনহল্লি। মমিংশিং অসি অনানবা চক্ষু অমম্বুং ময়েক য়াওবা চক্ষুশিংদম্ব হাপ্পী। অদ্রোগী চক্ষুশিংদি মমিং য়াওদে। মথোয়দি চক্ষুগী মমিং অমম্বুং ময়েক তৌইগুম্বম্বুং চক্ষুগী থংদে। মমিংশিং অসি মথক্ক য়াম্না য়ামই।

ঙৈ ইকপা:— শাবা লোয়রবা চক্ষুশিং অসি ফুহিং কৌই। শাবা লোয়রবা ফুহিংশিং অসি উরুমদা গুহাক থমতুনা হায়কেং

কংলবা মতুংদা মুংশাদা কৌদোকই। মুংশাদা কৌদোক্লগা কংলবা চফুশিং অসি মৈ ইক্কদোৱিবা মকম অদুদা থমই। মৈ ইক্ক-দোৱিবা মকম অদু ইকোয় কোয়না চক্লনা খর থানা চাইরগা মথক্তা রাই নত্রগা শম্ফি হাপ্লুন শেম্বা ফম্পাক অমনি। ফম্পাক অসিদা ফুহিংশিং অসি মচিন কারপ-কারপ থমগনি। মচিন অদু উপশিল্লুনা থমলকদি পোথাদ্র। থম্বা লোইরুবা মতুংদা চক্লনা কুপশিল্লগা মথক্তা অমুক উংনা পারপ্না শিলবা থুংনা কুপ্লগা মখোঙদা মৈ চুদুনা ইকই। মসি ইকপা লোইবদা পুং অহুম/মরি চংই। চফু অসি মুল্লকলবা মতমদা রা অমা পারদুনা থিংজিন-থিংজিন্দুনা চফু মনুংগী উশিং অদু ওৎথাই। মসিনা চফু ইংথনবনি। চাইরেনগী চফুদি শুমাংদা ইকই। অদুনা মখোয়গী তুলশিশিংদি শুমাংগী অরাংদা থানৈ। সেকমাই অমম্বুং অন্দ্রোগীদি ইংখোল মচি অমদা নত্রগা লম্বী মচি অমদা ইকই।

খোংজাওগী মৈ ইকপদি ময়ামদগী খরা খেন্নৈ। চফু মশা নাম্না শারগা মশক ফজহনবগুম মফম অসিগী নৈপাক চেকশিল্লা ভৌত্রবদি অমতম্ব মশক খোক্লোই। ফুহিংশিং অসি পেৎলি-নৈঙদা খর থুনা কংহমবগীদমক মুংশিং অমম্বুং মুংশাদা ফৌবম্ব য়াদে। কংলবা ফুহিংশিং অদু মৈ ইকপা মতম শংদরে হায়দুনা লীদুনা থম্বম্ব য়াদে। লীদুনা থমলুবা চফু অদু মৈ ইকলুরবদি লোইনমক কায়দুনা মাঙই। মৈ ইক্করিনৈঙদা হাম্রনা জাম্ন ইকৌ থাবঙুম শাংহন্দ্রবম্ব অকায়বা ওই। মৈ ইক্কদোৱিবা চফুশিংদু ফুটি ভরামাখোই ভরানিখোই শাংবা উ নত্রগা য়োংনচিংবা ওইরবম্ব

মখোঙ ফুট অমা মখায় য়াংনা কাংথক শেমগনি। মকম চানা শেম্নবা কাংথক মথক্তা চক্থু অহিংবশিং অচু তপ্না তপ্না মখোন খোকহন্দনা থমগনি। চক্থু থম্ন থম্নবা কাংথক অচুগী মখাদা চক্ নত্রগা ইমন থাহুনা চক্ শিং অচু শিনবা থুংনা থুংনা পাইবদা ওয়াক্রবা নত্রগা থুজিনা খোংপদা চক্থু য়াউরক্রবা মতমদা ফিনা য়েপতুনা থাংদোক্লগা হান্ননা শেমহুনা থম্নবা অন্দ্রো, সেকমাই, চাইরেনগী চক্থু ইকুবা কম্পাক অচুদগী থর। হেমা য়াংবা শাস্থ, রাংগী মহুংতা ঊপা মচা মচা য়াওবা চক্গী কম্পাক অচুদা য়ান্না তপ্না-তপ্না মকম চাবা য়েংহুনা পেশিনগনি। মচুগী মতুংদা চক্না ইঙ্গি অনিমথায়রোম থানা অনিরক চাংমান্ননা কুপকনি। ইঙ্গি মঙারোম থানা অমুক্তা কুপশিনবা অসি থুং চাং-মান্নগন্দে অপা-অথা নাই। অপাবা মকম অচু হান্না চাক্‌খোকপ্রবদি চক্থু মুলহন্দে অমম্থুং মুংশিং চঙহুনা মাঙনবা ওই। থুংনা নম-নমহুনা চক্গী অপা-অথা শেম্নবা মতুংদা ইঙ্গি অমা মথায়রোম থানা ঊংনা চক্ অমা কাওবা ঊহন্দনা কুপ্নগা মখোঙ অকোয়বদা মৈ চুহুনা চক্থু ইকই করিগুম্বা ঊং নিংথাইরকপা, মুংশিংনা ছুম-খোকখিবা নত্রগা মৈথু থুরকপা মকমশিংদু ইতং-তঙনা য়েংহুনা মিকুপ নাছুম শিংনা ঙাইহুনা লৈ অমম্থুং ঊং কুপশিল্লি। অম্সুম্না পুং ১২ দগী পুং ২০ মুক চঙনা মৈ ইকই।

চক্থু শাবগী মতম অসি খোংজাওদদি চহি চুপ্না শাই। সেকমাই, অন্দ্রো চাইরেন মখোয়দাদ নোংজু পান্থাগী মতমদা চক্থু শাদে। মরমদি চক্থু ইকনবা মকম অচু চোংলি, চক্থু

ইকপা য়াদে। অচুগা থোংজাওদদি চকু ইকনবা শঙ অমা তোঙানবা শাচুনা থম্মী। মরম অদুনা মখোয়দি চহি চুপ্পা শাই।

মচু শংবা :— চকুশিং অসি ফজনবা নত্রগা কননবা "কুহি" হায়বা উপাম্বী অচুগী মকু তিংলগা শংই। "কুহি" মকুনা তিংলগা শংবা অসি মুরবস্থ ঙাংলপ তৌবা অমা ফাওই। মচু শংবা অসি চকু অচুনা মৈ ইকপগী শারিঙৈদা কুহি শংই। কুহি শংবা অসি থোংজাওদদি উরি-কাংগী মরিনা য়ৈথাইচুনা শেম্নবা শুম-চিং অমনা কুহিদা লুপ্তুনা মচু শংই। সেকমাইদদি য়েংদৌ মপানগী শুমচিংনা কুহিদা লুপতুনা মচু শংই। কুহি শংবদা মচিন অনি অচু শমজিনহনদে। শম্নরবদি মৈকোয় চকু তাই হায়বগীনি। অল্লোগী চকুশিংদি মশা অচুদা কুহি চাংশিনচুনা য়েংবদা মরাং মরাং তৌই। মসি কননবনি হায়। চকু শারিবা মফমশিং অসিগী অচৌবা চকুশিং অসি অম্পুম্মা শংই।

কৌজিক্তি অমুবা মথলগী চকু অমস্থ থোংজাওদা শাই। হৈনৌমনা, হৈক্রুমনা গুম্বা তিংলগা ফুহিং অচু লুপতুনা কংহল্লি। অচুগা মৈ ইকই। মদু ওইরবদি মুই। অম্পুম্মা অমুবা চকুস্থ অথম্বনা শাই।

---

# চকুগী মখল, মমিং
# অমসূং শিজিন্নফম – ৩

মনিপুরগী তম্পাক অমসুং চীংগী লমদমদা মখল কয়ামুক্কী চকশিং শিজিন্নৈ। মনিপুরদা শিজিন্নরিবা চকশিং অসি খেন্নবগী নতুংইন্না মমিং তোঙান তোঙান্না খোল্লি। মনিপুরগী তম্পাক্তা শারিবা চকশিং অসিগী মনুংদা মমিং অমত্তদা চকগী মশক অসিদি য়াম্না খেন্নৈ। খুদম ওইনা চাইরেন, খোংজাও, সেকমাই অমসুং অন্দ্রো হায়রিবা খুঙ্গং মরি অসিনা শারকপা খরুংশিংগী শকওং য়াম্না খেন্নৈ। অদুগা মখোয় খুদিংমক্তা পোংশক অদুগী মমিংদি "খরুং" হায়না অদুম্মক কৌগনি।

অদুগা অমুকন্দ য়েংশি মনিপুরগী মফম কয়ামুক্তা চকগী মখল অমখক্তদা মমিং তোঙান-তোঙান্না খোল্লি। অদুম হায়না চক শারিবা মফমশিং অদুদসু চক মখল অমখক্তদা মমিং তোঙান-তোঙান্নি। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমদি কৈথেলগী অয়োন পোং (য়ুমদা নৈরবসু য়োল্লিবা চক) ওইরবদি চক

চাওবা অমম্লুং পিকপগী মতুংইন্না লল্লোনবগী শেলহা থেরৈ। মতম অদুদা চক্শিং অদুগী মমিংগী মচুংতো "শেলহা চক্" গী চৎনবী অমম্লু লৈবা উই। হায়রিবা চৎনবী অদু মকম অমগা মকম অমগা খেন্নরম্বা য়াই।

চক্ অসি শিজিন্নবগী মওং অমম্লুং মথোম্দা হাপলিবা পোৎ অদুগী মতুংইন্না চক্ অদুগী মমিংম্লু ওনখি। খুদম ওইনা হায়রবদা রাইতেফ্ (মুরাখুম) ইনিফ্ চাবানফ্, লেম্তাক চক্, ঈরেপফ্ অসিনচিংবা অসি চক্ অমখক্তনা ওইনিংবদা ওইবা য়াই। অম্মুম্না শিজিন্নক্লরিবা অদুগী মতুংইন্না চক্গী মখল ওইখি।

অম্পাক্তা শারিবা চক্শিং অসিনা চাংদা কাপ্লগা মমিং তোঙান তোঙান্না অমুক থোনখি। মকম্ অদুদম্লু শিজিন্নকমগী মতুংইন্না চক্গী মশকম্লু ওনখি। অম্মুম্না থায়ন্দগী শিজিন্নরমবদগী চৌজিক শিজিন্নরিবা চক্ অসিনা মশক অমুক তোঙাল্লি।

চৌজিক চৌজিক শিজিন্নরবা অদুগা মমিংদি লৈরিবা মশক মওং খংলবা চক্ খরদি — লৈরি খুম, চাইরেল লৈরি, লি, মিরেন খোমফ্, শাফ্ রালোং অমম্লুং খুংলোং অসিনচিংবনি।

অদুগা মম হৈউদগী চৌজিক ফাওবদা শিজিন্নরিবা ইমুংমনুংগী ওইবা, য়ু শুংনবা চান-থক্লবা, লাই-তিনগী চক্শিংদি, চেংফ্, খোংহামপুন, ফৌফ্ (ইমুং মনুংগী), ডাংকোক লোকথোং, রাংখুম, (য়ু শুংনবদা), ইনিফ্, ইরেপফ্, ইকৌফ্ (লাই তিনগী), চক্ ইরান, কপ্পী, (চান থক্লবা) অসিনচিংবনি।

মথক্তী অসিদন্থ নত্তুনা হৌজিক হৌজিকমকতি মখুল মখাগী মক্ক ওইনা মখোয়শিং অহুদি ; মগ, প্লেট, খুদেং, গমলা, পেপর রেট (Paper weight) লাইগী মূর্তি অসিনচিংবনি।

মনিপুরদা মমাংঙৈদগী হৌজিককাওবদা ফংবা চক্ষুশিংগী মমিং অমস্থুং শিজিন্নফম খরা মখাদা পীজরি :—

চক্ষু মমিং চক্ষুগী শিজিন্নফম

১। কবোক চক্ষু — কবোক পোক্লব চক্ষু।

২। লফোই ওন্নবা খক্ক — লফোই হাপ্লগা মথুমদা মৈ থাক্লনা মুলহন্নবা।

৩ লৈফক্ষু — লৈমরেন (লাইরেম্বী) ঈশিং হাপত্তুনা মখুম খুল্লগা লাইগী খুবম য়াওনা ল্যাংপা চক্ষু।

৪। চেংক্ষু — চেং থন্নবা, মখোঙ্গ নাইবা চক্ষু।

৫। চক্ষু — চাক থোংনবা।

৬। য়ারান, উয়ান, ইরান — য়েনশাং থোংনবা।

৭। ঙাক্ষু — ঙা লীনবা অমস্থুং থন্নবা চক্ষু।

৮। হেক্তাক চক্ষু — ঙাথা অমস্থুং কোংগু ১কাগনা শুহুনা শেম্বা হেক্তাক হাপ্পবা।

৯। ঈশিং পূন অশেংবা — থোং থাকপা অমস্থুং থকপদা শিজিন্নবা ঈশিং থন্নবা চক্ষু।

১০। খোঙহাম্পুন — ঈশি শাফল্লগা ইকুজনব্বা অমম্ন্, খোঙ খুং হান্নবা চক্।

১১। ন্যামাচাবী — মী অমগী চানবা চক্ (মৈনি কুম্বা মতমদা)

১২। পুনমা — খো, থাকপা অমম্ন্, থকুবা মতুবদা শিঙ্ঙি মলবা চক্।

১৩। কৌফ্ (য়াইক্) — কোংকী মনুং দা কৌ হাপ্লগা থম্বা চক্।

১৪। থুমক্ — থুম হাপ্লবা চক্।

১৫। ইরা পুল — ঈশি শোক্লবা চক্।

১৬। ইনিক্ — ঈশি, হাপ্লুনা লাইগী খুত্তুম চা দম য়েংনবা।

১৭। ঈকৌক্ — লাই ঈশিংদগী কৌথংনবা চক্।

১৮। ঙো খা — চাক য়েনশা, থোংনবা অমদি শংনু লোম্নবা।

১৯। পাঙনপুন (ঈরেপক্) — ঘট চক।

২০। লৈরিথুম — চকপা কা বুখী মো ফমদা ঈশি, থম্নবা অমম্ন্, নিংথৌনা ফম্বাল কারমদাইদা শিঙ্ঙিম্নবা চক্।

২১। চেকিফু - চে চাম্বগী মচুমগা মনা মখী হাপ্লগা শেম্বা চেংহি হাপ্লবা চক্

২২। ঈয়োকফ্ (ঈশাইফ্) — ঈশি, য়োক্লুনা থম্নবা চক্।

২৩ বালোং — চাক য়েনশাংনচিংবা থোংনবা অচৌবা চক্ষু।

২৪। নাহাইক্ষু — ভাইরেল পুংকাইনচি বনা ঈশিং লুপলগা অনম-অহা কোক্লবা চক্ষু।

২৫। চপানক্ষু — লাই-তিনগী ওইবদা চাক থোংদুনা থেনচাং য়েংনবা।

২৬। থুম (কোরেক) — ঈশিং কল্লবা, নিংথৌনা ফম্বাল কারম-দাইদা থুমনা ঈশিং কল্লুনা নিংথৌ লৈমা অনিংঙ্কী মথোঙদা ঈশিং লৈথৈ।

২৭। শঙ্গোম চক্ষু — শঙ্গোম হাপ্লবা।

২৮। থুজাম — চামথোক শেংঙোক্লবা থুজামদা মি য়েংদুনা ফজবা খিবিক শিল্লবগী মতাংদশু শিজিন্নৈ।

২৯। থুজাম থোঙনাইবা — মথোং পানবা থুজাম।

৩০। কপী — পুখম, থোইজু লৈখাম থাবদা শিজিন্নৈ। লাই-তিনগী থবক্লাচিংবদশু চেং, লকোইগা হাপ্দুনা শিজিন্নৈ।

৩১। কেগাম — ভেংকোং থোঙমাইবা মখল কয়াংক্লমদা শিজিন্নৈ

৩২। খাজি — হৈরা অথুম অহাউনচিংবা লৈতেংগী ওইবা ফজনবা শেম্বদা হাপ্লবা মথোঙ নাইব।

৩৩। চাইরেল লৈরি — নিংথৌগী কম্বাল কারমদাই অমম্বুং লাইগী থবক্তা শিজিন্নবা চক্নু।

৩৪। চক্নু খোঙনাইবা — ঈশিং য়োকুবা অমম্বুং পোং-চৈনচিংবা থম্মবা চক্নু।

৩৫। ঙারি থরুং — ঙারি নম্মবা থরুং।

৩৬। থরুং — রাইয়ুনচিংবা য়ুগী থবক্তা মরুওইনা শিজিন্নবা

৩৭। থরুং মচা — রাইয়ুনচিংবা য়ুগী থবক্তা মরুওইনা শিজিন্নবা।

৩৮। i) তোংলোয় অচৌবা — য়ু য়াবগী থবক্তা অযাম্বা শিজিনৈ।

ii) তোংলোয় চুকোক (লোকথোং) — তোংচৈ নত্রগা। থাঠুনা রাইয়ু থকনবা।

iii) তোংলোয় য়ু কাইরি — য়ু য়াম্নবা অমম্বুং হৈদোকুবা।

৩৯। থাউ য়াইক্নু (শেনক্নু) — পৈশা হাপ্পবা চক্নু।

৪০। মিরেন খোমক্নু — ঈশিং হাপ্পুনা মি য়েংবা।

৪১। শাক্নু রানলোং — শিপ্রবা মীগী শরু শরাং হাপ্পবা চক্নু

৪২। রাতৈক্নু — নুয়া হাপ্পুনা লম তৈনবা চক্নু।

৪৩। কুহি চক্ — কুহি ভিংনবা চক্।

৪৪। কুম চক্ — মচু শঙবদা শিজিন্নবা পাম্বী মখল অমা ভিংনবা অমুবা মচু মখল অমা।

৪৫। ঈরান পুন — লাইগী ওইবা অমম্মং নিংথৌশী কম্বাল করমদাইদা অরাপ্পা লমদগী ঈশিং শোক্লবা চক্।

৪৬। হিদাক থুম — হিদা'ক হাপ্লবা।

৪৭। থাউ থুম — থাউ হাপ্লবা।

৪৮। থুমশোই — চক্ মচা অপিকপা পোংচৈ হাপ্লনচিংবদা শিজিন্নৈ।

৪৯। ঘীচক্ — ঘী হাপ্লবা।

৫০। লোক থুম — লোক ভিন থাকশিন্নবা।

৫১। য়ুংথুম — ঈশিং চংশিন্নবা।

৫২। সনাপুন — ঈশিং শোক্লবা অমম্মং থম্লবা।

৫৩। জি — ঈশিং থক্লবা নৈপাক্লা শাবা।

৫৪। ইরেপকু (ইশাইক্) — ঈশিং থম্লবা।

৫৫। ভাম্বুক অচম্বা — হিদাক থকপদ হিদাক ভিকি হাপ্লবা।

৫৬। হিদাকফু নত্রগা তেংনৌশাবী — মৈখু থক্লবা।

৫৭। কাংচুপ — মৈখু থক্লবা (চিনচুপ)।

৫৮। গুন্নু খুম — গুন্নু হাপ্লবা।

৫৯। ঙাংকোক অচৌবা — যু অমসুং চাক থোংবদা শিজিন্নবা।

৬০। কঙ্ক্রো ঙাংক্লক — মৈখু থক্লবা ( খুত্তা পাইদুনা )

৬১। মৈকোই চফু — শিবগী পোংলোইবদা শিজিন্নবা।

৬২। চিনি খুম — চিনি হাপ্লবা।

৬৩। ফুশাফু — চফু শাবা মতমদা শিজিন্নবা চফু।

---

# মনিপুরী সমাজদা

## চফুগী মফম – ৪

অঙুনবা মতমগী ইতিহাসপু ঐখোয়না অমুক্তং হংগৎনা য়েংলম্বা তাই। মীওইবগী পুন্সিনা অকংবা উহৈ ৱাহৈ অমদি অহিংবা শা-ঙা কয়া চাদুনা হিংলমই। য়াওনগী মতুংইন্না মৈ শিজিন্নবা হৌরকই। অদুগা লোয়নননা মৈদা লৌদুনা চাবা হৌরকখি। অদুবু মীওইবনা খোং থাক্তুনা চাবা হৈরকপা মতমদগী মীওইবা সমাজদা সভ্যাতাগী অনৌবা মঙাল অমা লাকপা হৌরকখি।

মনিপুরগী গুরুংশিংদগী কংবা নুংগী যুগকী থুংজু থুংলাই কয়া অদুগা লোয়নননা আর্কিওলোজিকেল ফাইন্দিংস কয়াদগী লমদম অসিস্ত থুন্দা-লৈতা লিন্নবা লৈবাক অমনি হায়না লৌনৈ। অদুম ওইনমক মনিপুরী ইতিহাসকী য়ুম্ফম ওইরিবা চৈথারোল কুম্বাবগী য়েংলুরগদি লমদম অসি থুন্দা-লৈতা কুইন্দ্রিবগুম্না উই। অমবু ওইরবস্ত্র অমধু ওইরবস্ত্র পোইরৈতোন থুদ্মোক্কী মমাংদগী

হৌনা মনিপুরদা চকপা কাংবুনা চক্লু শারম্মী হায়রবা রাকম অসিদি মথক্তুম্ন পনজরে।

মতম অদুদগী হৌনা মনিপুরী সমাজদা হৌজিক ফাওবা চক্লু শিজিন্নরকনি। থোং-থাক্তুনা চাবা-থকপদা অতৈ মহুৎ শিনবীনবা পোং লৈতবদগী চক্লু অসি সমাজ অসিগী মীওইবগী পুন্সিগা শাগোন্নরকখি। অম্মুম্না মমাংলৈদদি য়ুমথোং থুদিংগী লৈপাক্লা শাবা চক্লু ওাক্লা শিজিন্নরমই। সভ্যাতাগী য়াওন মতুংইন্না হৌজিক্তি মপান্দগী পুশিল্লকপা- পিত্তাই, সেক্তেং, সিলভর অসিনচিংবা মখল কয়াগী থাতুনা শাবা চক্লুনা লমদম অসিগী লৈপাকনা শাজবা চক্লুগী মহুৎ শিনজিল্লকলে। অদুম ওইনমক লৈপাকনা শাবা চক্লুগী শিজিন্নফম অসি হৌজিক ফাওবা য়ান্না লৈরি।

মমাংলৈগী মনিপুরগী নিংথৌ, ফম্নাইবা নত্রগা ইনাক-কৈরাক থুনবা মীওই খরদি মপানগী থাতুনা শাবা চক্লু অসি ইমু:-মনুংগী অমম্লুং লৈতেংগী ওইনা শিজিন্নরম্নগী থুদম খরদি উই। হায়রিবা থাতুনী লৈতেং ওইনা শিজিন্নরম্না পোং-চৈ নত্রগা চক্লুশিং অদু করিগুম্নদা মনিপুরদা লৈনা নত্রগা শাবা য়াওরম্নম্ন য়াই। মরমদি খরা থেংথবা মতমদগী মনিপুরদা কোল-লিক কয়া ছাচাদা লৈতুনা পুথোকলে।

তরামাপল শুবা শদাব্দীদা মনিপুরগী মক্তম থুদিংমক্তা মীয়ামগী অচৌবা উসব-মেলা কয়া অমদি কির্ত্তননচিংবা কয়াদা লৈপাক্লা শাবা চক্লু ওাক্লা শিজিন্নরম্মী। হৌজিক্কী মতমদদি

অয়ুক নুংখিলগী শিজিন্নরিবা লৈপাক্লা শাবা চাকথোং চক্ষু ইরান কয়া অসি থাজুন। শাবা চক্ষু ইরানশিংনা মছুং শিনরে। অশুম্না উসব মেলা কয়াদসু থাজুনা শাবা কোন্‌-লিকনা মছুং শিনজিল্লকপদগী লৈপাকনা শাবা চক্ষুগী শিজিন্নফম অসি নোংম-নোংমগী মহেং তাশিল্লকলি।

থাইনা মমাংলৈঙদদি মী শিবা ফাওবা চক্ষু শিজিন্নরমই। হৌজিক হৌজিকমক "শাগৈ চক্ষু কাইনবা" হায়বা রাইহ অসি মমাংলৈঙদগী হৌনা লৈরক্লে শাগৈগী মী অমা শিবা মতমদা শাগৈ অহূনা কোল্লিবা ইমুং খুদিংমক্লা চাকথোং চক্ষু অমসুং ইরানশিং অহূ থুগাইনরমই। মনিপুরদা শাগৈ লিংবগী মতাং অসি মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনা ইং শোক ১৯৮২ দা পুথোক-খিবা "শাগৈ শলাইরোন" অমদি "ইক্সিবিসন ওফ ফেলিলি জেনিওলোজি" লৈনরগা শংবা ডম্বদি নোংদা লাইরেন পাখংবা (খুঃ ৩৩-১৫৪) না পানবা হৌবা অঙনবা মতমদগী মাগী মাগী শাগৈ নাইতে, মরি মতা লৈরকলে হায়না তাকই। অসিগুম্বা শাগৈশিং অসিনা মী শিবা মতমদা চক্ষু-ইরান থুগাইহূনা শাগৈ অহূগী ঈগী মরি মতাশিং অহূ চেংশিন্নহল্লি। হৌজিক্কি মী শিরগা থাজুনা শাবা চক্ষু ইরানশিং অহূ থুগাইবগী মছুংতা ফেং-দোক্লগা তোকনরে। অহূম ওইনমক মী শিবদা শিজিন্নবা "মৈ-কোয় চক্ষু" অসিদি থাজুনা শাবা চক্ষুনা মছুং শিনবা ডম্বে। মরমদি মৈকোয় চক্ষু অসি অতৈদগী খরা তোঙাল্লি। চক্ষুগী অকোয়বদা শংলিবা কুহি অহূ শমজিন্নরবদি চক্ষু অহূবু "মৈকোয়

চক্ষু” হায়না খংনগনি। চক্ষু শাবা কাংবুশিংনা মচু শংবা মতমদা চক্ষুগী অকোয়বদা কুহিগী মচু অহু শমুহনদে। তৌবতদি মাগী মাগী লমগী মতুংইন্না যৈকোয় চক্ষু অসি মখল কয়া শিজিন্নৈ।

করম্বা মতমদগী কৌনা মৈতৈশিংনা মী শিবগী পোংলোইবদা যৈকোয় চক্ষু শিজিন্নখিবগে হায়বগী মতাংদা— “কংলা উত্রা মমাংদা ১৮ শুবা শতাব্দীদা শান্তদাসনা ভাকপা মতুংইন্না মৈতৈগী লাইরিক ময়াম খাগা বাংগা পৈরগা উচুক তরুক য়ুংলে, শীংখাং তরেং হাপলে, খৌরি অহুমনা মথক্তা ফারে, চিথেক মরিদা উচিবা মরি য়ুংলে, মথক্তা ফিনা থাকন থল্লে, চক্ষু অমদা ঈশিং হাপলে, শান্তদাসনা মখুত্তা থাং অমনে মৈবুন অমনে পায়রে। যানা মাং থারগা মী ময়ামনা মতুংদা ইনহুনা তরেংলক কোয়রগা চিথেক মরিমক্তী উচুক অহু থাংনা থর-থর হকলে অহুগা ঈশিং থর হৈরে অসুম তৌনা কোয়বা লোইরগা লাইরিক্তা যৈ চুরে। উত্রা মমাংদা লাইরিক যৈ থাবদা মহাক্তা তৌখিবা অহুগুম্না অশিবা মীবু পোংলোইবদসু অহুগুম্না তৌগদবনি হায়বসি শান্তদাসনা গরিবনিৱাজ মহারাজদা হায়খি। মতম অহুদগী হৌনা কৌজিক ফাওবদা মী শিরগ যৈ কোয়বনচিংবা তৌরিবা অসিনি।” ( ক্বাথ ) মথক্তী অসিদগী ঐথোয়না খংবা ঙম্বদি মী শিরগা যৈ কোয়বসু শিজিন্নখিবা অসি গরিবনিৱাজগী মতমদনি হায়বা ত’কই।

অহুগা অমুক “শগোক লমলেন” কৌবা লাইরিক্তগী খংবদি মনিপুরদা মী শিরগা পোংলোইবা অসি মখল মরি চংনরম্মী।

মচুদি ১। লৈপাক্কী পোংলোই, ২। মৈগী পোংলোই, ৩। ঈশিংগী পোংলোই অমসুং ৪। মুংশিংকী পোংলোই শিং অসিনি। মতম অচুদা চংরম্বা লৈপাক্কী পোংলোইগী মভাংদা— "হকচাংগী উন ভোং মরেক মহাও থুনাম্বা ভারিবা খিবিক্তিং সোকুলাকপম খোইপম, সমপানভোরাম য়িমনক অনিমা অসিনা শাক্ফু য়ালোংভা হাপ্তুনা ফুমই।" মথক্কী অসিদগী লৈপাক্কী পোংলোই হায়বা মখল্‌ অচুগা শাক্ফু য়ালোং হায়না খঙনবা চক্কু অচু শিজিন্নরম্লে। অচুগা মতম অচুদগী হৌজিক ফাওবা থা অহুম শুদ্রিবা অঙাংশিংনা শিবা ভারবদি চক্কু মুংদা হাপতুনা ফুম্বা চংনরক্লি। অসিদসু নত্তনা ঈশিংদা ভাতুনা শিবা মতমদসু চুক শাই। মসিদসু চক্কু চংই। অসুম্না খমনুং লৈবাক্কা ফাওবা চক্কুনা স্নাদগী হেন্না মমল লৈ হায়বা ভাকই। মচুদি— "ইপন পলেম ইমা লাইভোংখু ম চুম্বীও। ময়ুম খমুংচাথা লাম্বা পুংদা চোইনৌ সনা কোল্লাংচান খয়োই ভোনাবি সরোই য়াংলৈ থেংনা ভরা চাকরানবদি চাকখংদে। মোমনু খুজিন লৈপাম্বোং ভেক ভেক পুংফু লৈনা ভরা চাকরানবদি ময়ুম খমনুংনা চক্কুবুদি য়াইফুও কৌএ য়াইফু চেপ্পা হৈনা ভরা চাকরান খংএ হায়না পাউ মেল্লেএ।" (লৈরোন)

অসুম্না খমনুং হায়বা অশি লৈবাক অচুদা স্নানা চানথক্লবা চেং চাক রানবা ফংদে অচুগা মচুগী মহুংভা নিঙোন ওইবী মুজাশিংগী নৌরবা খুংনা য়েত্নুনা শাবা চক্কুনদি চানবা চেং চাক রানবা ফংই হায়বসি উংলি।

লমদম অসিগী মীশিং্না অঙাং পোকপা মতমদা অঙাং অহুগী খোইরি, নাওফমনচিংবশিং অহু চক্দা হাপ্পুনা কপ্পা চইবৈ। অসুক্কা ইপান থাবা মতমদসু চক্ শিজিন্নৈ। লৈমবখা ঝুম শঙ্গাবদা চক্কী মফম য়াম্না চাওই। ইমুং মচুংগী চান থক্লবা অমদি অতৈ পোংচৈ কয়া হাপ্লবগীদমক চংত্রবা য়াত্রবা পোংচং ওইনা চক য়াম্না শিজিন্নৈ। মখোয়শিং অহুগী মনুংদা পুন্য মহৈ চাওনবগীদমক চেংফ্, চেংহি চক্, ইশাইক্, থাওথুম, থুমথুম অসিনচিংবা থাহুনা লোইবা নত্তে। 'থুমুং লিচং শাজং' কৌবা লাইরিক্তা য়ুম শঙ্গাবগী ঈশাইক্ অমসু ইয়াংপুন শিজিন্নবগী মতাং অমদা— "য়ুমচংবদা ফক্তাদা কৌরৌ নোং লুপান অঙোবনা লুপা কোনগা চন, মাংলেম লৈস্না অঙাংবনা সনা য়াইগা থা, অনম অথোবা য়ুমশেং নাইৰ ভমলগা থুমদৈ নাকশেল খোক্লগা চীংঙ্ থাম্বী লাকথোং কাগনি। অদুগা ঈশাই ক্ ইয়াংপুন খিনগনি। চেংঙা কোনখিনগনি। ইপুথো সনা-নহিদা চেংঙৌ কাহাপ্লা, শংলৌ কাহাপ্লা শংলৌ লোকমাই ল্লেমগনি। অদুগা মরান য়ুম চংগনিএ।"

মনিপুরগী নিংথৌরেনশিংনা কম্বাল ভোংবা মতমদসু চক্ কয়া চংই। হায়রিবা চক্শিং অহু থৌ ভৌবগী ওইনা চংদবা য়াত্রবা পোংচং ঙাক্তনি। মহুগী মতাংদা কম্বালল্লোন কৌবা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি— "খুম অনিমদা সনা লুপা হাপ্পুনা নিংথৌ লৈমা অনৌমবু পুখমদা লেপহন্দনা খোঙদা ঈশিং হৈথ ও।" (কম্বাললোন) অদুগা অমুক য়েংসি— "লৈরিখুম অনিদা লুং-

জেংদগী ঈশি, থন্না হাপ্তুনা সনা লুপা হাপও। নিংথৌ নৈজা অনীমনা মথারম চিনকহল্লো।" (ফম্বালোন) অনিদন্সু নঙ্গনা পাখংবনা ফম্বাল কারমদাইদা চংখিবা চকশিং অদু "পুখ্রম শেঙ্গুংবা খাউ য়াইফু মিরৈন খোমফ খংগোল্লাচীঙু পুয়োক লৌখি নৈরোম মেংলোম ভব্রামৈমফগী চীঙু লেনোম্বিনবা খোইমোম লেংনা কা না কংলৈ শুমখো, মনিল নাইয়ে।" (পাখংবা ফম্বাল)

অস্মুন্না নিংথৌনা ফম্বাল কাবা মতমদা পুখম, খুম, লিরিখুম খাউ য়াইফু, মিরৈন খোমফ অসিনচিংবা চকশিং অসি চংই হায়বা ভাই।

লমদম অসিগী চংনবী অমা ওইনা খুদম চাংদম থংনবা চকদা মি য়েংবা চংনরম্মী। নৈবাঙ্গী ওইনা চকদা মি য়েংতুনা চংনরকপা অসিগী মতাংদা— "পুখমদা মুংজেংগী ঈশিং থন্না হাপও। সনা লুপা, কোরি, শিথাই, কোমজৌ, মিশি, যোং অথোবা ওন্না হাপও। নৈক মমাংদা থমও মি য়েংও।" (ফম্বালোন) অস্মুন্না য়েংবদা ফত্তবা খুদম খোকমি হায়বা থংলবদি উশিম শিনবনচিংবা কয়ামরুম চংলৈ। মসিগী মতাংদা অমুকস্সু অস্মুন্না হায়— "চকপনা শাবা থুজাদা মি য়েংদুনা ফত্তবা খিবিক শিন্নও।" (ফম্বালোন) অস্মুন্না কুমগী অক-ফক থেম চা য়েংবা চংনরকই।

পাথা, পুথা, নৈনা চংনরক্রিবা লাই হরাওবগী মরুওইবা পোংচংগী মতুংদা থাইদগী মরুওইবদি ঈকৌফ (ঈশিংমকী নত্রগা

ক্ফালদগী লাই কৌখংনবা ) অমস্তু, ঈনিশ্ক্ অসিনচিংবনি। অসিদস্তু নত্তনা লাইগী থবক থানা কয়ামুক্তা চক্ হায়বা অসি থাদোকুবা য়াত্রবা পোংচ অমনি।

লমদম অসিগী মীওইশিংনা মু অমদি মৈথুনচিংবা শিজিনৈ। মু অসি চক্দগী শুংবনি অদুগা মৈথু অসিস্তু হিদাকফ্, ভাঙ্ক কাংচুপ অসিনচিংবা কয়া লৈপাক্লা শাহনা শিজিন্নরকই। লুহোংবা মতমদস্তু ঘট চক্ য়াওনা কন্থী শেম্পাক অসিনচিংবা কয়া চংই। মমাংচৈদদি নুপীগী অও, অউনশিং অদু চক্স্তু উন্নরমই। মতম অদুগী লুহোংবগী অউনপোংতা ভাংখ খুমলো, হায়রিবা চক্-শিং অসি উন্নরম্মী হায়বগী মতাংদা "চাদ লাইছুই" কৌবা পুয়াদা অস্ত্রম্মা পীরি— "নয়োন মৈতৈ শৈমা চিনক্রোন অরু-রাকাবী পলেম মমা পোকী চেঙলুক লমগোইস্তু ভাবা পোদোং য়ান কাওরেন শনফাং হোই মল্লা মশীংত খুমলোং নাথংলোন ভাংখ লমলোংশি হৈনা মরিন ভংতবা শ্লায়া মপান কুমদমববু চাদবদি কনানে?"

মমাংচৈদা নিংথৌশিংগী মফমদা চক্ শাবা কাংবুশিংনা কংনরম্মা পোংলম চৈরমশিংগী মনুংদা চক্ অসিস্তু অমনি। 'লোয়ুম্বা শিনয়েন'-কৌব লাইরিক্তা নিংথৌশিংদা অন্নেনা চক্ কংপগী মতাং অমদা অস্তুম্মা ইরি—

"লাল্লুপ অমদা থরু নিপাল নায়ে, কুহি পাংকুরা, য়েং-নথং নায়ে। কন্থালদা সাক্ফাল, ক্য়েগুক কংলে।"

অদুগা মোইরাংগী খুদোলপোং কংপগী মতাংদা অমুক

য়েৎসি— "ম্য়োইরা গী পোৎলোদি সিলেন অমা মুত্তমকি অনি নায়ে হেক্ত্রাক চক্কু তরামন্না নায়ে।" (লোইয়ুম্বা শিনয়েন) চাইরেনগী মতাংদা অমুক— "চাইরেননা ল্যাম্লুপ অমদা কমপি তরামন্না নাইএ।" (লোইয়ুম্বা শিনয়েন)

অম্বুম্বা মথক্কী অসিদগী ঐখোয়না মনিপুরগী মকুম মকমশিংদা লোইপোৎ তৌনবীগী চৎনবী অমা উবা ফংই। মতম অহুদা চক্কু শাদবা মকমাশ গী মীশিংনা নিথোদা পোৎ-চৈ কৎপা মতমদা চক্কুদা হাপ্তুনা কৎপা উবা ফংই। অহুদম্বু নত্তনা মকম অমদগী মকম অমদা পোৎ চৈ (মহি নগ্রগা মপং) পুখোক পুশিন তৌবা মতমদা চক্কুদা হাপ্তুনা পুই হায়বম্বু থংবা উম্মী। অম্বুম্বা মতম অহুগী চক্কু শাবা মীওইশিংনা নিথোদা চক্কু কৎপা অসি অচৌবা থোদাং অমা ওইনা লৌনরম্মী।

থাইনা মমা চৈউদগী চক্কু অসি পোৎ চৈ হাপ্পদা নত্তনা মতম অহুগী মশান কয়াদা চক্কু শিজিন্নরম্বগী লোয়ননা চক্কুদা পাদম লাক্লম্বগী মতাংদা 'নুমিৎ কাপ্পা' কৌবা পুয়াদা থাই নুংজেংবম নাহচানা মহাক্কী নুপী হাওনু চাখানু শাকবীগী কেকথক্কা ঈশং পুন থমহুনা তেন কাপ্পগী রাফমদা অম্বুম্বা হায়— "কোয়ৌ নুমিৎমাদ তাল্লোয় মরুপ্পীনা ফৈজা পোপতৈকলৈ, লুপ্পা লুরোহ খোংলাহজ ইপাল্লাং ইমু মপ্তোন শৎ লৈরাই হুইশ্যোন কারক-পদা থাই নুংজেংবম নাইচা য়েকমা হাওদ লা নমু পোংবারাজানা লীরি থমোইতিং লকা তেনমৈ লাকনা পান্দম্ববু পুল্লাং ময়ায় থাইনা কাপথাইরে।"

হৌজিক ফাওবদা মশাম্ন কয়াদা চক্ু শিজিন্নরকলি। খুদম ওইনা হায়রবদা ‘চক্ থুগাইবা’ অমসু ‘চক্ পুবা’ অসিনচিংবনি। অসিদসু নত্তনা পূ কক চাওরকপা অঙাংশি না অমা গোই হায়না খংনবা মশাম্ন অদুদা ‘চক্ কোইরে মাইরেন কোইরে’ হায়দুনা চকশী মশাম্নসু ফোংদোকই।

মৈ ইঙ্খ্রবা চক্‌বু ‘ফ্হি’ কৌই হায়বসি মথক্তসু পনজরে। ফ্হি অসি পোংশেম যাদ্রনচিবা কয়াদা শিজিনৈ। মদূ চক্ শারিবা কাংবুশি ঙদা নত্তনা লৈবাক্কী ওইনা অচৌবা অমাংবা অমা ওইবনিনা চক্ শারিবা মীশিনা ফ্হি অসি কনাদসু শীনদে। কনাগুম্বনা মমল তিংনা লৈগে হায়বা ফাওবদা য়ানদে। অদুগা অমরোমদদি অমুক লৈবাক্কী কাম্নগদবা অচৌবা ইরাং থৌনি কয়াদা ফ্হি শিজিনৈ। অসিগুম্বা লৈপাক নি থৌগী কাম্নগদবা থৌরম কয়া লাক্রবা মতম অদুদা চক্ শারিবা কাং-বুশি না ফ্হি অদুবু তাঙাইফদনা পীনৈ। গুগুম্ন নু থোংখিবদা ফ্হি কংলি। অদুগা অতৈ ইরাং থৌনি কয়াদসু ফ্হি কংপগী মতা দা “ চীংথোঙদা কোম অমা লৈবনে ফ্হি খয়োম লাকও।” (চীংলোন লাইজুই)

চী মীশিং অসিনা থাইনা মমা চৈঙদগী হৌনা চফ শিজিন্নরকলি। মতম অদুদদি চী মীশিং অসিনা অরাং অরা ব চীংদোঙ্গা থুনদানরম্মী। চীংমীশি অসিগী য়ুমগী ঈশি য়োকতুনা থম্নবদা থাইদগী মরুওইবদি চফ্নি। অদুদসু নত্তনা লোক্তগী নত্রগা ঈশি খোদগী ঈশিং পুন্নবা থাইদগী মরুওইবা পোংজি

চক্নি। ভুস্বা, কোরেক নত্রগা মখিবোবকী বা ককতুনা ঈশিং শোক্লগা হোনবস্থ চংবৈ। য়ু, মোমরু অতিংবনচিংবা তুংবা অমদি থকপা কয়াদা চক্ শিজিনৈ। তম্পাক্কী মতৌ- গুম্না থোং থাকপদগী হেন্দোক্তুনা অতৈ পোং চৈ লীবা অসিন- চিংবা কয়াদা চক্ শিজিনৈ। মথক্তা পনজরিবা অসি স্বপ্নগী চাওরাকপা থরজনি।

তম্পাক্কী লমদমশিংদা মৈপোক-লাংবৌ য়ুম মৈ চাকপা অসিন- চিংবদা চক্দা ঈশিং হাপ্তুনা য়ুমথক্তা খিন্দুনা থমই। মতুনা য়ুম-কৈ নত্রগা শং অতুবু মৈদগী কন্নবনি। অতুগীস্থ মথক্তা অমাংশদ্রেদা চক্দা ঈশিং হাপ্লগা থম্বা নত্রগা পুশিনত্তুনা শেং- দোকপা চংবৈ। য়ুম-কৈবু লু তেম্বা থম্বদা লোকখুম, য়ুংখুম শিজিন্নতুনা অমাংবা শেংদোকপদা মতেং ওইবৈ। শোইদা নত্রগা লু-লাং থুম্বগী পন্দা ভাজোং চক্ (ঈশিং য়াওদনা) কুমতুনা থমই। চোংশিল্লকপা ভাশিং অতু চক্ মনুংদগী চোংথোকখিব ভুমদে। অতুগা ইনচিংবা মতমদস্থ ভা হাপ্লবা ভাথুম শিজিন্নৈ। অস্থুম্বা ভা ফাবগী মতেংস্থ ওইবৈ। লমদম অসিদা তবলাগী মকুস্থ চক্না শাতুনা শিজিন্নরকই।

মতম কুইনা থোং-থাক্তুনা শিজিন্নরক্লবা চক্ ইরান অতুগী মপান থংবা শকক্তা থরানমিচাক্কী পান্দমগুম মরিক-মরিক চাক্লক- লবদি শিবা নাবা য়াওবা নত্রগা অরাম্লদগী মী থুংলবা য়াই হায়না অহলশিংনা থাজনরম্মী। অতুগা চক্গী মমিং পন্দুনা

পাউরৌনচি৲বা কয়াদু তৌনরম্মী। "শাগৈ শিরগা চক্ৎ কায়" হায়বা পাওরো অদিগী অর্থদি কক্ষবা থবক্তা য়াওক্লরবদি অদুমক্ত অরাবা ক৲ই বায়বা ওইগনি হায়না থল্লি। "চক্ৎ কাইরগা কাকনা করাওই" হায়বর্দি ইমুং মনুং থংনরগা লৈকাইগী মীশিংনা থুনি৲ কা৲হুনা য়েংলগা য়োকনৈ বায়বগী প্রমাননি। "অকক মরিয়া চক্ৎ য়েনৈ" স সায় মশক থ লবা অহলশিংনা পাওতাক পীরম্মী পাওরৌনি। "চক্ৎ ইরানদসু নো৲মা ফাদোক মকেংনৈ" "থৌবানদো চক্ৎবু কায়নবা নৈয়বা নত্তে" "থক্ত মফম চাদবা "
অসিনচি বা কয়ানা মচা মক্ষবু রারক রাক্তেসা অমদি থংন চৈনবন-চি৲বদা সাহিত্যগী ফজরবা লোন্দাদা পাওরৌনরকই। চক্ৎ লৈরম-ত্রবদি পাওরৌশি৲ অসিসু লৈরমলোই কাযবা য়াই। অমুকসু অযোংপা অঙাংগী মবুক্তা মনপ মতিন চেসবগী মরা মরা তৌবগী নোকুবা রাকমদসু চক্ৎদা প্রমান তৌহুন। হায়— "থকুংদা মচু শ৲বা মান্নদনা" মবুক কবা মীদনা "থক মুক ক৲ই।" অসুম্না অথিবা ফজবা কযাদা প্রমান পিদুনা শুং৲নরকলি।

সাহিত্য ওইবা ফজরবা শোন্দা পুদাদ চক্ৎ ইরানবু রাকৈগী লৈচন শেমহুনা শৈথাংরমক— "চক্ৎ তিল্লা শোন্ত্রি, ইরান খোইদো ওংত্রি।" অসিদসু নক্ষনা পুদিন' অমসু 'লৈথক লৈখারোম্দ' অসুম্না পন্দুনা শৈথাই— "লৈতুম হুননা পাউশাবা ইপল পুন্না৲ কাইরেদা পুন্না৲ লুরোই কাইববু শি৲বীরোইবু কায়বরা।" অসুম্না মনিপুরী সাহিত্যগী মহৌশাদগী শাগোম্রহুনা

লৈজরক্লবা য়ারী শীংবুন কয়াদা চক্‌বু শিজিন্নবগী য়াকম য়াওই। মতাং অসিদা হন্নবী হন্নবা পানথাবগী য়ারী পনবা য়াই। লোয়ননা মুংশি-নুংওনগী, থুংনবগী, কাইনবগী, থোদোক-য়াথোক্কী, পুম্নমক অসিদা চক্‌না শরুক য়াহনা লাকলি। মরম অসিদগী সাহিত্যগী লোম্বা-পূদা কয়াদা চক্‌দা প্রমান তৌনরিবনি।

হৌজিক্তি লৈতেংগী ওইবা পোৎ কয়া নত্রগা মুর্তি কয়া লৈপাক্লা শাহনা লমদম অসিদা শিজিন্নরকলে। অদুম্না সমাজ অসিগী ওনবা খুদিংগী চক্‌গী শকতমশু অওনবা কয়া অমা লাক্লি। শিজিন্নকমগী মতুংইন্না নোংম-নোংমগী চক্লগী শকতমশু হোংলক্লি।



— লোইরবা —

পিপলস ম্যুজিয়ম ককচিংনা ফোংপ্রবা লাইরিকশিং :—

১। বীরবাহু ভুবা ( ১৯৮৩ ) — এম, গৌরচন্দ্র

২। কাথা ( ১৯৮৪ ) — শ্রীলেখক

৩। Souvenir, ( Earthen ware Exhibition 1984 )

৪। মনিপুরদা চক্ষু ( ১৯৮৫ ) — ক্ষেত্রি, কুমার

---